# পুন্সী ঈচেল



শৈরেনখোম্বা

# অইবগী বারোল খরাদং

ঙসি ইবৈবাক ইবমদম অসিগী লাইওইখ্রবা ইপা-ইপু, অহল-লমন অমদী কংলৈ ইযেকচা পুম্নমক্কী মফমদা পাংদ্রবা শিল্লৈবোম্বা ঐহাক্না ''পুন্সিগী ঈচেল'' হায়না মীংথোঞ্জবা শৈবেংগী লাইবিক অসিমতং খুদোল তমজবি । লাইবিক অসিদা অশোয অবান কয়া যাওববসু পাবিবিবা পাবিবীবী পুম্বনা শোইদবা ঙমদবা তাইবং মপোকনি খন্বীদুনা পাংদ্রবা নব্রাবু ঙাকপিগনি ।

পুন্সি ঈচেলশিদা থেংনবিবা অব্রাবা নুঙাইবা থৌদোক কয়াগী মবকসিদা মীনা মীবু কবিশু লৈতনা খল্লক্লীবা, ইশা ইশাগী শিন্থাবু কাওনবীবা, অঙম অঙম চানগনি হায়বগী ব্রাখলনচিংবা তাহৈ-উহৈদবা থৌদোক কয়া অসিবু উক তাকবগা ঙসি পাংদ্রবা শিল্লৈবোম্বা ঐনা ''পুন্সিগী ঈচেল'' হায়না মিংথোনজবিবা শৈবেংগী লাইবিক অসিবু ফোংজনিংবগী ব্রাখলগী ইহুল ফাওবক্তুনা খোর্জে থাজবা হৌবকখিবনী । লাইবিক অসিবু পুথোক্লবা হোৎনবদা অচৌবা মতেং পাংবিবকখিবা মযামবুশু পাংদ্রবা ঐহাক্লা অদোম অদোমগী তৌবীমলবু খক কাওজবোই । লোইননা পুন্সিগী লমন অমা তোনশিঞ্জবে ।।

লাইবিক অসিবু নৈনবীবগা মীযামগী পুকনিং লৌশিংগী মঙাল অমতং, ফাওবীদুনা তাইবং মহৈকোলগী লনগৈদা তিঞ্জবা ফংলবদি লাইবিক অসিবু ইজকবগী মহৈ যাল্লে হায়না খঞ্জগে লোইননা মীযামনা পিবিবকপা পাওতাক পাওমেশিং হবাওনা লৌজগনি অদুগা মথংগী খুৎনমদা অমুক মেনসিঞ্জগে । অবোইবদা পাবীবিবা মীযাম্বু অমুক্কা হন্না থাগৎচবি ।।



অদোমগী

**শৈরেঙখোম্বা (অশাকুমার) লুব্রাং**

তোপ মখা লৈকাই, ইম্ফাল ইষ্ট ।

# ৱাহৈ খরা

শৈবেংখোম্বা লুৱাংনা ইবা ‘‘পুন্সী ঈচেল’’ হায়না মীংথোন্বা শৈবেংগী লাইবিক অসি খুৎইদা লৈবিঙেদা পাজবে । লাইবিক অসি শৈবেং ওইদুনসু চুম্নাগী চম্না পাবদা নুঙাইবা ওইদ্রবসু লোয়ননা মুন্না খন্থকদ্রবগী পাকবগী থোইদোক্না কান্নবা ফংলোইদবা লাংলা লংজিন চাইথোক্কুনা থম্বা অশৈবগী খোর্জেনি । তৌইগুম্বসুং ৱাখল চনিং তানা অমুক্তংগা হন্না খন্থকুববদী পুক্নীংদা মঙাল অমা শোইদনা ফাওগদবা শৈবেংশিংনি হায়না লৌজে ।

মীওইবগী পুন্সি ঈচেলসিদা থেংনবিবা অৱাবা, নুঙাইতবা, পেন্দবা, মীওইবনা মীওইবগী মফমদা ‚' লিবা শাজৎ লিচৎ উৎলিবা মীনুংশিনচীংবা থৌদোক ৱাথোক কযাবু উক-তাকবগা নিঙমদ্রবা পেঞ্জদ্রবা থমোয কযানা মদোম তবক তেংথাজবিবা মীওই কযাগী মহুৎ শিঞ্জদুনা কাইববা থমোযগী ‘‘পুন্সী ঈচেল’’ হায়না মীংথোল্লীবা শৈবেং লাইবিক অসিনা ঙসিগী খুনাই অসিদা কবিগুম্বা থমোযগী পাওজেল অমদি শোইদনমক্কী পিববনি হায়না খঞ্জে। অদুবু মীযাম্না পান্নীবা অচুম্বা ফজবা ৱাখল্লোন অমা পুবক্কবা হোৎনবদা থেংনবীবা অৱাবা অমদী অহেন্বা পাম্বে কযা পুথোক্কুনা শিজিন্নবা হাযবসিদী মযেক্না তাবনি ।

লোইননা লাইবিক অসিনা ঙসিগী খুনাইসিদা হিংলিবা মীযামদা মীওইবগী নুশিনবা, হিংমি ন্নবা, চাওখৎপা অমদী মীনুংসিগী মঙাল অমা পিবিবা ওইসনু হায়না তাইবং শেম্বা মপুগী মফমদা থমোযশেংনা থৌনিজবি ।



অদোমগী

**অৱাম্বম তোম্দাং লুৱাং**

President

FIMACS

# কৎচবা

ইবিল তুবেলগী নোংপোক ইযাইথেল
যাবল পাৎকি নাপোমদা
অনি অসিগী মযাইদা
নৌনা লৈশাৎ তমজবীবা
পাংদ্রবা নপাবি ঐহাক্না
মপু মাগী খুযাখাদা
''পুন্সিগী ঈচেল'' হাযনা মীংথোজ্ঞবা
শৈতম শৈবেংগী লৈচলসিনা
লৈবাংগী নচোম ওইদুনা
কৎচবী চিংনবা লৈতনা
লৌবীযুকো লতনদনা হে তাইবং মপু ।।
অচৌ পিশক্কী চৎনবীনা
মীনা মীবু উবকত্রিবা
ঐখোযগী ইবমদম অসিদা
কবমনবু হিংশিগে খলবদা
শোকথববা ঐগী হাকচাংশিদা
চেনথবকখিবনি পুন্সিগী ঈচেলনা ।।

# ''মীংখৈ''

যুমথোং খুদিং নাওকোনবীবীবা
লেংদ্রবা ইমানী নহাক্তী
লাইবা ইনাকখুন খাইবীদা
মানবা মিৎযেং থম্বীবীবা
খুকম্জবি হে শিদবী ইমা-ও ।।

মন্নবা পুন্সি লম্বীদা
লৌশিংগী মঙাল পিনবিয়ু
তাইবং কৈথেল কাবকপদা
শোকথাববা নচাগী হকচাংশিনা
থাদোকলোই নহাকপু পুন্সিগী ।।

পুন্সি চেংজেল লোইদ্রিঙৈ
থাদোকপিগনু ননাইবু নশাইকোন্দগী
হিংবদা ৱাববা তাইবংশিদা
হিংজখিগে মতম খবা
ইমাগী মিংখৈ শকচদুনা -।।

# ঐগী ইশক

কনানো লাওবীবা মফমসিদা
তানিংদে নখোযগী খোল্লাও ।।
কবিগীনো নোক্লীবা নখোযনা
য়েংনীংদে নখোযগী মীনোকতো ।।
নখোযদী ঐখোযগী মীনাইনী
ঐখোযনা হায়বতা ইনগদবনি ।।
অশেংবা নমাবু ইনখোক্লগা
ঐখোযগী ইমাবু লৌবসি নত্রা ?
নশাগী অশেংবা নমিংবু পাওখোক্তুনা
ঐখোযগী ফজবা মিংবু ৱাইবিবা ।।
ইকাইবা খংদবা নখোযনা
নখোযনা ননিং তৌবা যাবোই ।।
নখোয়গী নবম ওইববশু
ঐখোযগী মীনাইনী নখোযদী ।।
নচিন ননাওদা অকনবা শকনবীবা
নখোযগী নতৌবু উবগা
নোক্লী ঐখোয়না খুবাক খুনা ।।
পংবদগী পংলবা অপংবা
ননিং তম্মা হিংনীংদবা নখোযবু
লৈনিংলিববা তাইবং মীবকসিদা ।।

# ''মতম্বু করিগী মাংহল্লী''

কবিগী কপলি নহাক্লা
কনাগীদমক্ তেংথাবিবনো মফমসিদা
পীবাংবু পাম্মুদবা নহাকপু
মতম্বু কবিগী মাংহল্লিবা ?

অবাম খৌবাংবগীবু তেংথাববা
কনা কাযনবগী পীবাংনো,
অদুবু কোক্কে হাযববদি
ঈবু থকপা তম্মুনে ।

ঐখোযগী লৈবাক অসিদা
মীনুংশি চাউবা লৈহ্রেদে,
মীনুংশিগী অর্থ খংদ্রবদা
কবিগী উৎলি মীনুংশি
হাযখিনি নংবু অঙাওবা
পীবাং মাবু পাম্মুদবা
মতম্বু কবিগী মাংহল্লি ?

# ৱায়েল কাতি

অমম্বা নোংহৌনা কুপথে
ঐখোযগী লমদম অসিদা
অচুম্বা মহাকসু লোৎথে
অবানবা মহাকপু লাকপদগী ॥

অশোনবনা অকনবগী মীনাইনি
ইচিল-ইনাও ওইববসু
অমম্বা কাদা ফমদুনা
ৱাযেল কাতি পাইবীবা
মহাক্কী ৱাযেল ওইবনা ॥

ইমানি ইপানি ঐখোযগী
ইশ্বর মহাকশু ওইহনসি
ঐখোযগী লৈজবা কত্তুনা
মখোং পাইদুনা খুকমসি
ঐখোযবু নোবোক্কি কোমদা ইন্থনবা ॥

‘‘থৱাইগা চাংদম্নবা যাবা পোৎপু লৈববদি
মীপুম খুদিংমক ঐনা খুদুম চন্বা ঙমগনি ।’’

# ''চৎলু লয়ী চৎপা''

চৎলু চৎলু লয়ী চৎপা
মীৎযেং অনি যেংহৈদে
তুং হন্না লাকফদে
চৎলু-চৎলু লয়ী চৎপা ।

লৈবমগনি তিংখং কযাদি
হন্দোকপীবম্মু নহাক্না
লয়ীদুগী ৱাংমদা
নতুং ইল্লক্লিবা কয়াগীদমক
চৎলু চৎলু লয়ী চৎপা ।

চৎলিবা লয়ীদুগী পন্থুংনা য়ৌরবদি
ফংলক্কনি মতমদুদা শর্গগী লৈবাক
কাওখিনি লমশাং লাকপগী অৱাবা
চৎলু চৎলু লয়ী চৎপা ।

পোক্লবদি শিগনি, শিগনি খংনা পোকপনি,
পোক্লবদি কবি তৌগনি ?

# লাংবনগী মৈশা

লাংবনগী মৈশাবু খাংলিবী
চোইজ্যাইনববী শম্রাংলক্তগী
চেম্থবকপা হুমাং মবিক মবিক্লা
অবাংবা চিংমাইদগী চেম্থবকপা
পল্লেপফম লৈত্রবা ঈচেলগুম ।।
লৈমাইখক্তা তপ তপ তাবিবসে
যেংঙুনে মহাকসে কংলৈ চনুবানি
মচাশিংবু যোক্লবা রানা খাংলিবাসে
শবক্কি চিদাইদা ফম্লিবী
পেকক কেংঙোইবু য়োল্লিবীসে ।

নুমিদাংগী মতম য়ৌবক্লগা
খুত্তা মৈবা পাইদুনা
অহিং মিংশেল খাংলিবীনি
তুমিৎ কাং মবক্তা
মচাশিংবু চেৎনা নাওকোল্লিবনি ।।

## "ইঙাগী নোংদী চুরক্লে"

ইঙাগী নোংদি চুবক্লে
নোংগী মচুদি শংলক্লে
অঙাংবনা মহুৎ শিনখ্রে
অঙৌবা মহাক্কী মচুদো,

অঙাংবা নোংলিকপু কিবনা
লানজদ্রবা থবাই কযাদি
লোইবী চিংদোল পাংখ্রে
নীংঙাইদ্রবা থম্মোইগী বাকৎপু
পুদুনা ॥

শিহ্ননিংদ শিহ্নখ্রমাল্লে পীবাংশু
নিংঙমদ্রবা থম্মোইগী বাকৎতা
তাবীদ্রবসু কনানা তাইবংশিদা ।

অমুবগী বাযেল মখাদা
অঙৌবা মহাকশু নাহেবক্লে
অঙাংবনা শক্তি পুথোক্তুনা
অমম্বগী ইচেন্দা তিনখীবনা ।

# নিংথিবী কংলৈ ইমা

নিংথিবী কংলৈ ইমাগী
মপাবী মমোম কয়াসে
চাওখৎপগী লমজেল য়াওবক্রে ।
নোংচুপকী মতৌ তমদুনা
নিংথিবা ফিজেৎ লৈতেং কয়াদা
মাংজিল থাবা হৌবক্রে
ইকাইবা হায়বদো কাওখ্রমালে
Film Star গী মতৌ তমলিবৈঙে
মশাগী মমিংশু কাওখ্রনি
মীবমগী ফজবা মিংবু খল্লিবৈঙে ।

মংশিল্লকলে কংলৈ ইমাগী তম্পাক্তগী
কয়াদা রানা পুথোকচবা
ঐখোযবু শকতাক্লিবা ফিজোলশিংসে
নুংশিদবা কংলৈ ইমাগী
মপাবী মমোম কযাসে
মখোযবু অৱাংবা থাক্তা থাংগৎপীযু
চাওখৎ লমজেল যাওবদা
শোকথববা মখোযগী হকচাংনি ।

# শানাগী মোনতেক

ইবমগীদমক খনবদা ঐদি লৈতাদবে
শোৎথববা লমদমসিবু কন্নবা
লেপলবে ঙসিদি নখোযগী নমাংদা
ওইহনবীযু ঐবু অমুক্তদি মন্ত্রিদো
অনেম অৱাং খাযবীববা ইবমদম
কঙাওনববা থবক ফংদ্রবা নহাবোল কযা
মখোযবু থবক পীদুনা
অফবা লম্বীদা লমজিংবীনবা
ঐ নত্তনা কনা লৈতে
অদুনা ঐঙোন্দা তোত পীবীযু ।
হাযনা লাউবম্বা কযানি ।

ঙসিনা লম্বীদুদগী নাথৈবীখ্রে
সনাগী মোনতেকপু উকুবদগী
ঐবু অৱাংবা থাক্তা থাংগৎপীবকখিবা
অৱাবা কযা মাযোক্না
লৈহৌবি ঐগী প্রজা মীযামদি
হাংলবা চাকখাউবু পাইদুনা
কাউখ্রমাল্লে মহাক্তি অদুঙৈগী ৱাশক্তো
মশাগী দলালবু শানবা হোৎনবিঙৈ ।

# লৌনম চাওবা লমহই

অঙাওবা নোংলৈ লাক্লে
লৌনম চাউবা লাক্লনি
খোংলক্লনি হাংলবা মবুকপু পাইদুনা
কনাদা নুংশি চিবোল তৌদুনা
কনাদা নমলৌ লাংবু থাক্লুনা
ঐগী অবাম খৌবাংবা কোক্লনি
লৌনম চাওবা লমহইনি ঐদি
পংথহল্লগে অপংবা প্রজা কযাসে
মমিত্তা অবং অবাক খবা উহন্দুনা
হাংলবা ঐগী পুকসে মেনহৌবগে
অপংবা প্রজা কযানা যাম্লিঙৈ ।

তুমহৌবগে সনাগী মোনতেক মথক্ত
অৱাংবা দলান্দা ঐনা ফম্লিঙৈ
কনানা লাকচা খুদুম চনগনি
অপংবা ইনাই কযা থাদোক্লুনা
ঐনা তৌনিং তৌনিংবা তৌগনি
মথংগী তমি অমা লাক্লসু
নুংশি লৌনম কয়া তৌদুনা
নখোযগী অৱা অনাগী খনবদা
যাংগংলবা লৌনম চাউবা লমহইনি ঐদি
অমুক্তগা চিংখৎপিযু অৱাংবা দলান্দুদা ।

# যাকাই ঈশৈ

নয়ুম খাম্বী মৈহৌরগা
নিংঙাইদনা খোমজেন তুমখুন তাল্লিবা
ফংলে ইমাগী মপাবি মমোমশা
মীকপ খোক্রো নখোয়বু
ঈবুধৌ পাখংবা শ্যাফোংলক্রে
ঈপু তবেৎপু পুদুনসু ।

নোংপোক খোংসু হাংলক্রে
নোংচুপ খোংবু খিংদুনা
তাইবং মতম্বা শান্নমদাই
শিহা মৈরাইবা হৌবেদো
অশি খোংসু হাংলক্রে
অচং খোংবু খিংদুনা ।

খোঙ্গাল খুদিং মোংফম ওইবে
ঈগী ইবমসু ফাৎলক্রে
সনা শোবোক যাংবীথক
ফিঙৌ শেৎপনা লৈতেংলে ।

মিকপ মীবাওখোল কযাতনা
যাকাই ঈশৈ ওইবকলে
লানজদ্রবা থরাই কযাগী
মীকপ খোক্রো নখোযবু ।

# লৈথী অদুগী চীদাইদা

তুমহৌই কনাগুম্বা অমদি
লৈথী অদুগী চিদাইদা,
হৌদোকপীনবা কনা অমত্তসু লৈহৌদা
অদুবু মহাক্না তুমলিবদুদি
যেংলি মীযাম হুপ্না
খব অমনা হায়নবি
কনাবু ওইবিবা ।

অসুম তৌদুনা মাংথনি
কংলৈ ইমাগী মপাবি মমোমদি
কনা অমনা হাযনবি,
মবল লৈবা ওইবমগনি
অদুবু মীপুম খুদিং
মবম লৈবা ওইবমগনি
অদুবু মীপুম খুদিং
মবল লৈতবা কনা লৈবগে
ঙসিগী তাইবংপাল অসিদা
অদুবু লাক্লনি মহাকপু নুংশিজবা কনা
তেংথাবনি নিংঙাইদনা তুম্লিবা
মহাকপু কোন্দুনা ।

তাইনফম খংদ্রবা মহাক্কী থম্মোইদুনা
কনাদা অমুক লমন খুমগদৌবিবা ?
খুমলকখিনি মথং মথং
মখোয়ননি মখোয়ননি হায়দুনা
ওইবকখিনি নিংথিবী কংলৈ ইমাসু
মপাবি শাৎত্রবা মমাদো
অসিনি ঐখোযগী লমদমসে
লাইগী মচানি হাযনবিবনি ।

# ''নংনা মতমবু ঙাইবনী''

তেল্লবা পুন্সি খোংচৎনি
যাম্রবা পুন্সি শিঙ্খানি
ঙসিগী হযেংগী খাইগনু
মতম্না নংবু ঙাইবম্রোই
নংনা মতম্বু ঙাইবনি

থরাইগা হকচাংগা খাইনখিনি
হকচাংনা লৈবোল চনখিনি
লৈবমই হাযবগী তাইবংসিদা
নহাক্কী থরাই অদুনা
লৈবমই হাইবগী কবিবু কান্নগনি
থরাইগী মমলবু থমলমদ্রবদি
নোবোক্কী কোমদি তাহল্লমগনু
অশি লৈবাক যৌঙমলোই
তেল্লবা পুন্সি খোংচৎনি
উবক্কনি উহৈদ্রবা কযা
তাবক্কনি তাহৈদ্রবা কযা
পুন্সিগী চাংয়েংনি খন্দুনা
যেংবিযু অচুম্বা মীৎয়েংনা
থরাইগী মমলবু ফংনবা ।

# য়াকাইরোল

নোংপোক মাইকৈ যেংখিবা
চিংখৈ ফিদুপ হল্লক্লে
ইকাইখিবি শজিক থাবাসু
লোৎখ্রে ঙংঙ্গানববা মহাকপু উবদা।

নামিবনা লিবি হুমদুনা
মাইকৈ খুদিং যেলম্বা
থাবললৈগী লৈনমসু
মাংখ্রে মফম খংদনা
অদুবু পোম্বি চেক্লা কযাদি
যাকাই ঈশৈ শক্লক্লে
কুমগী নোংহৌনা
লবুক খুদিং ঈশিংনা লংলিবা ।

হঙোইগী শৈশক তম্বদা
অব-তিতিগী খোঞ্জেল্লা
মহৌশা ইমাবু হৌদোক্লে
মাইকৈ খুদিং নিলহল্লে
কংলৈ ইমাগী তম্পাকসে ।

# ''মীৱাদা শিহা ওইরুনু''

মন্নবা নচাশিংগী লম্বীদা
খুত্তা মৈবা পাইদুনা
অঙানবা লম্বীদা লমজিংলীবী
ইমা নখোয়গী নতুংদা
পাংদ্রবা নচা ঐখোয়না
লেপলি খোংফম হোংদনা ।
অবানবা লম্বীদগী লমজিংবীযু
অচুম্বা মহাক্কী লম্বীদা
চেল্লীবা ইবিক খবাশিনা
মনিং তম্না চেল্লীগৈ
কৎচহৌগে খৱাইসিনা নিংহন্নদনা
লেপ্পীবকউ নখোযসু অচুম্বগীদমক
খাইবীবক্কনু অচৌ পীশক
ইমা হাযবসিদি ইমানি
মমা শাবীগী নামাদা
ইমাগী শঙলেনবুদি মাংখোক্রমগনু
ইশাগী শিহাবু কাউখোকতুনা
মীৱাদা শিহা ওইকনু ।

# ঐগী ইমীশিখক নত্তনা

পোক্লুবে পোকঙমদবা থরাইশিনা
লেপ্লুবে লেপঙমদনা তাইবং ফমবাকসিদা,
ইথৌদি ইপোৎ ফাবম্রে
চুম্না ফাওবা লেপ্পা ঙমদ্রিবঙেদা
কলক মীহৌদি লাংগোই চল্লম্রে
ইশাগী ইমিংম'ওবা খংদ্রিবঙেদা
চৎকদবা লম্বীসু তিংখংনা থল্লমলে
ঐগী খোংদি কবিমত্তা তোংলক্কে
অচুম্বগী পন্নুংনা কয়াম রাৎলিবা
চাকথাওদি মখোল থোক্লক্লে
অবাম থৌবাংবগী মৈশানা
শোকথববা ঐগী হকচাংসিনা
চুম্না কবম্না লেপসিগে
ঐবু শৌগৎপীনবা কনাদি লৈতে
ঐগী ইমীশিখক নত্তনা ।

# "অনিগী ঈথেং"

যেংনিংলিববা যেংহৈদ্রবসে
হে কংলৈ ইমা
যেংনিংলিববা যেংহৈদ্রবা থৌদোকশিংবু
কবক্ষগী মীচংদনো লেপকদবা
কনাগী মাযোক্তনো পাম্বোম তিংগদবা
অনিসিবু ইমাগী নচা নত্তে হাযগেবা ।

পাংগনবনি অনিমক
অথৌবা ঙাক্তনি ইমাগী নপাবিশিংসে
খম্বহৌদবা মীকুপতা
ঈগী ঈবম ফংলক্লে
উৎকী মপৈগুম তুমলক্লে
নচা অনিগী লানফমদা ।

চিংদা কাবে লাংমৈগী মৈখুনা
অতিযা পুম্বা মমখবে
তমদা কুমলে ঈথেংতনা ইমাই চোল্লে
অসিবু কনাগী মবালনো
অচুম্বনা কনানো ইমা
য়েংনিংলিববা য়েংহৈদ্রবা থৌদোকশিংসে ।

# লাইওইখ্রবা মরুপ

মতম অমগী ঐগী মরুপলোই
কবিগী তোইনা লাক্লিবা মংলান্দা
নৌহৌনা পীবাং শিন্নহল্লিবা
হৌখ্রবা রাবিবু নিংশিংহন্দুনা
অমুক লাক্লবোইদবা নংনা ।

লেংদ্রবা নংগী রাশক্লা
থরাই মাবু খুবাক্তা হাপ
চৎখিবদাই ইখেংগী লানফমদুদা
থেৎলমদ্রববা মনিংতম্না ফিবালদো
পলেম পম্বৌগী পীবাংসু তৈথোকলমদা ।

কবিগী হল্লক্লি হকচাংতমক
থরাইনা কদাইদা থনমলিবা
মীৎশ্না অনিদুনা কবিগী উইশিল্লি
ঐখোযগী পীবাংবু যেংনিংদবগীবা
চৎলিবা হাযবদুবা লাইবমলেন লৈকোন্দুদা
মতম অমগী ঐগী মরুপলোই ।

## ''শহরগী [illegible]

কাউবা লৈবোই ঐখোয়না
ইঙাগী ১৮ না লাক্লবদা
ঐখোযগী ঙমখৈবু ঙাক্লবা
থরাই মাবু পাম্মুদা
কৎখিবনি অখৌবা ১৮ ।

ইঙাগী নোংনা চুম্বকসু
লৈমাই মাবুদি চোৎখিদে
অখৌবা কযাগী ইখেংদি
ইমাই থন্না চেনখিদো
কংলৈ ইমাগী তম্পাক্রা ।

নিংঙাইদনা খোমলেন তুমখুল তাল্লিরা
কংলৈ ইমাগী মপাবি মমোম কযাবু
যাকাই ইশৈ শক্তুনা
ঐখোযবু মীকপখোক্রা হৌদোকপীবদনি
লমজিং মৈরা ওইদুনা
অখৌবা মখোইগী ইখেংতনা ।

# খুত্তা মৈরা পাইরিবী

ইমানী নখোযদি মৈবা পাইবী
নচাশিংবু কন্নবা খোক্লকলিবা
খুত্তা মৈবা পাইদুনা
মন্নবা নচাশিংগী পুন্সি লম্বীদা
অঙানবা লম্বীদা লমজিংবীনবা ।

মমাগী মীংখোলদি ফংলগা
মমাগী বাহনখোক্তি খংদবা
চিনবান্দনা খোইহি যেল্লগা
পুকনুংদনা হু-তরেৎকুম খাবিবা
অশেংবা মমা কয়াগী মাইখোংদা
অমুবা মচুবু তৈশিন্দুনা
মশাগী ওইজবতাবু খিবিবা
নচাশিংগী ঈখেংনা ইমাই চোম্ভিবৈ ।

খুৎতা মৈবা পাইদুনা
তুমিৎ কাং মবক্তা খোকখিবা
নশাগী অচিনবা মতম্বু কাইখোক্লুনা
নচাশিংগী নামাদা
খৌবোম থল্লবা ক্বা মতপ
অমমম পৈনদুনা
তাহৈদ্রবা মীব্রাদুনা নশাগী নখৌ ওইবিবা
শেংলবা ইমা কয়ানদি
মচা ঐখোযগী খনবদা
নোংমতা পীবাং কংদ্রিবা
ইমানী নখোয়, নচাশিংগী
খুত্তা মৈবা পাযবিবী
মীকপলোনে নখোযবু ।

# "ইমাগী য়োৎলিং"

কংলৈ পোকপী ইমাও
ইমাগী মীনাই য়োৎলিংশু ককঙমদনা
লোইখ্রদবা নপাবি নমোমসে
ঈগী ঈবোলনুংদা ইবাক্লবিঙৈ
অপংবগী লমজেলদা খৌনা ফবিঙৈ ।

লোক্তাক লাইবেম্বী ইমাসু
মীওৎ মীনৈশে খাংবা ঙমদ্রবাল্লে
মমি শামলক্লে মীৎফম হোংলক্লে
লোক্তাক মাগী মশাইকোন্দা
ওন্না খোইনা শান্নজবী
লেমলৈ কয়াসু মাংখ্রে
মখোয়গী চাকখাওবু থদৎপীববদা ।

কৈবুলগী শঙাইনা হিক্লা হিক্লা তেংথাবি
মখোযগী লৈফম্না লৈশিল্লক্রুবদা
কদোমদনো মখোয়গী লৈফমসিবো
তাইবং মীগী চাকখাওদবা
মীনুংশিগী ইবিকশু খিকপিবক্রে
মতমগী লাইবেম্বী মহাকশু ।

# কংলৈশিগী পলেম ইমা ও ।

কংলৈশিগী পলেম ইমাদু
খুত্তা মৈবা পাইদুনা
মম্নবা নচাশিংগী লম্বীদা
লমজিংবীযু নখোযনা
ফৎতবা লাইযাম্না মখেল লাং
লমলোং অহুম ফাংবা খুদিংদা
হনু হনা কোকচাউবা
খোংবান লাল্লুম্না কযানা
নচাশিংবু যোৎশিন্নবা
ঙাইবমগনি কিজৈনে ।
অমম্বদা চাকতাবনি মখোযদি
শেকপিগুম কোইপাই পাইবিবা
লানজদ্রবা থবাই কযাবু
যোৎলিবনি মখোয়না খৌবোম থন্না
কিজৈনে নচা ঐখোযদি ।

# য়েংহৈদ্রবা চিংমাই

হাংলা অতিযাসে মমখে
চিংমাই কযাদগী কাবকপা
অমম্বা মৈথু মপৈনা
য়েংবগী পেনবা নাইদ্রবা
মহৌশাগী ফজবা অশংবা কয়াসু
অমুবা ঙাক্তমক ঙাইখে
চিংলৈবাক্কি মমোমলোই
শুক্লা লোকুংদা লৈশাৎ তমজবি
মগুন লৈনা ঙানজবিবী ইঙেল্লৈ
থম্মোয় শোক্লা তেংথাহৌই
মশা পুম্বা লাংমৈনা চাকখ্রবদা
মকপলোই মতাবোই কয়াশু
ওন্না থোইনা মৈশা খাংহৌবি
মখোয়গী ফৈবাথক্তা কাইদোংজবি
খোইমু / কুবাক কয়াশু
মপাং কাইনা মৈশানা
মচা কয়ানা মৈবিনা
কঙাওননা পাইহৌরিদো ।

# য়ারলগী কোম্বী

ইবিল তুবিলগী নোংপোক্তা
লমাইচিংগী মশাইকোন্দা
তিনশিং লম্বীগী নাপোমদা
ইংনা লৈশাং তমজবম্বী
যাবলপাংকী মমোমলোই
কবম্বা নংগী নিংঙমদবনা
যাবল মাবু থাদোক্লম
ব্লাংলা লোইবী চিংদোন্দা কাইদোংবদি
চিংলৈবাক্কী মমোমলোই লিলিনা
নংবু ইতা শাশি কৌববা ।

যেংহৈদ্রবা তমগী কুমহৈদা
অকি তুজুংবা পোক্লুনা
লৈবাং পুন্সি কনজনবা
ব্লাংলা চিংমাইদা কাইদোংববা ।

মতমগী লাইবেম্বী ইমানা
পুদুনা লাক্লে নতারোই শজিবু থানদী কৌবিদো
শান্নববো পম্বৌ মাগী মশাইকোন্দা
নংনা মাইকৈ যেংদুনা ।

# মাংখ্রবা শুর

হাদা কোকিল চেক্লা নুংশিবী
মফম কৈদবু লৈখ্রবা
লমদম কৈদবু লোৎলিবা
য়াকাইহল্লো কংলৈ ইমাসে ।

নংগী খোইথুম্ববা খোঞ্জেলনা
সান্তিগী পাউজেলবু পীববো
সান্তি লৈত্রবা কংলৈসিদা
য়েংহৈ উহৈদ্রবা কয়ানা
নাকোং শিংজা য়ৈবিবসে
তাহল্লো নংগী নুংশিববা খোঞ্জেলদো ।

মীনুংশি লৈত্রবা তাইবং কীবনা
বাংলা চিংজাওদা লোৎলিববা
মীকপ মীবাওখোল কয়াদা
কিদুনা চেল্লববা নঙবু
তাহল্লো নংগী নুংশিবা খোঞ্জেলদো
অখাক অবাওগী মফমসিদা ।

# নাইতোম ঙানবী নোংইন

কংলৈ ইমাগী অশেংবা মমোমলোই
হাদা নোংইন চেক্লাও
কংলৈ ইমাবু থাদোক্লম
মফম কৈদবু লৈবগে
মেংলবা থাজগী মঙান্দা
ওন্না খোইনা শান্নববো
মীৎলু পীবাং কংদ্রবী
কংলৈ ইমাগী পিবাংসে
অমুক্তদি তৈথোক্লবো
হাদা নোংইন চোক্লাও ।

পোম্বী চেক্লালক্তগী অখোইবী
মচু তবেৎনা লৈতেংলিবী
কংলৈ ইমাবু শক্তাকচবী
হাদা নোংইন চেক্লাও
যেংহৈ তাহৈদ্রবা খৌদোক কয়ানা
কংলৈ ইমাগী মশাদা
অথাক অবাও  লিশিংগুম হৈথববদা
চেক্লা পুন্সি কনজনবা
লোইবী চিংদোন্দা  লান্না কাইদোংখ্রববা ।

# মমল লৈপনীবা থৱাই

পোকওমদা  পোকপা মীওইবনা
যোন্নবি লৈনবী থৱাইবু
লুকমাই থক্কি হৈবাংগুম
মসিবু কবস্বা শাযোকশংনো
মীওইবা অমগী থৱাইবু
শা ঙাগুম হেক্তা হাৎপীবা
মমল হেক্তা লেপ্পীবা
মসিবু কবস্বা চৎনবীনো ।

কদোমদা চৎলগা হিংঙুগে
তাইবংপানসিবু ঐখোযগীসু শকক যাওদ্রা
নিংতম্না হিংজবদা কবিগী অথিংবনো
নত্রগা নখোযগী খয়াৎনুংগীদমক লাক্লিববা
পিবিবা পৈশা খবদুনা
থৱাই অদুবু হিংহনবা ঙম্ববা
নখোয়না ঐখোয়বু ঙম্বগুম
নখোযবুসু ঙম্বা লৈবি কাউগনু ।

# পোম্না লৈমন চনম্নবী লৈরাং

লোইবী চিংগী শিঙেল লৈবাং
চিন্নদনা কেল্লেদো লৈমাযদা
ঙবাংতা পোমজবী লৈবাংনা
ঙসিগী অঙনবা অয়ুকসিদা
উফুল্লক্তা চোইজাইননা
কেল্লমলেদো নহাক্তি -।

কল্লকপা য়াম্মী খংদববা
মীহৌবা লৈবি কাউববা
মপু পান্দ্রবা লৈকোনসিদা
কবিগী লৈশাৎ তমলক্লিবা
নংগী নুংশি ৱাবিনা
থম্মোযনুংদা মৈবী চু ।

অচুম্বা লমজিং মৈবা ওইদুনা
তাইবং মপুগী লৈকোন্দা
ননিং তম্না শাৎলুবো
শাৎহৌবিবা লৈবাং ঐখোয়না
নংগী নুংশিবা লৈনমশে
মালেম শিন্না য়েল্লমখিগে ।

# নৈহংগীরীবা অঙাওবা

মোৎলি হায়বগী ইকাইদ্রবা
অনানবা শেৎপগী মহাও যাওদ্রবা
ৰাখল চোইববা মহাক অদুনা
সহবগী মচি অমদা ফমদুনা
শোলহৌই - কবিগুম্না খবা মুকম মুকম
ঐ ফাওবা হিংবদা অসুক ৰাবশিনদি
তাইবংপানসিদা লৈবিবা অঙাওবশিংদি
কবম্না মখোয়বু হিংগনি
মখোয় ময়ামগী খনবদা ঐদি ঙাওগদবা তল্লে
মখোয়গী মতৌ উবগা
ঐদি হিংবা কিবক্লে
অহিংবা হিংনা হিংনা চবক্লে
মখোয় মশেল শেৎন-শেৎনা চাবক্লে
ঈবু ঈশিংগুম থক্লক্লে
মযাং ক্বাক্বা খুবাক খুনা নোক্লবে
পাংগনবা নোংশাগী মকোকসিং
মখোয় মশেন হাত্তোক্লবিঙৈ
লমহুইনা লৌশিং তৌদুনা
লৌখিদৌবে লৌখিদৌবে অপংবশা ।

# অমুবা মাইখুম

মম্বদগী মম্লবা কংলৈপাকসে
কনানো মৈবা চুখৎপিগদবা
অঙানবা লম্বী অমা পুবক্কদবা
লৈববদি থোক্লক্লো ঙসি
অমোৎপনা থল্লবা খুন্নাইসে
উহনবীবো কংলৈচা কযাসিঙদা
কনা উবোই অমম্বনি হাযদুনা
মশা মশাগী ওইজবা থিবিঙৈ
কনা লৈজদা তুশোন্নবা কযাদি
নিংবা কাইনা নোংদোল যৌখবে
হুমদুনা পুবীখো কংলৈশিদগী
মোৎপদগী মোৎলবা কযাসে
শাফু কল্ল নোংলৈগুম
মতম অমদা ঐখোযবু লমজিংবীবম্বা
ঙসিনা ঐখোযগী ঈবক্তগী লাইওইথ্রবা
লমযানবা মহাকপু নিংশিংউনে
অদুঙৈ মহাক্লা তৌবম্বা
নিংহন্নদ্রবা মহাক্কী থৌনাদো
চুখৎলসি ঙসিদি নিংহন্নদ্রবা থৌনানা
অঙাম্বগী লমজীং মৈবা
অমুবা মাইখুম হাংদোক্লশি ।।

# ঈগী ঈখৌ লাংলকলনি

হে কংলৈ ইমা
যেংনিংলিববা যেংহৈদ্রবা খৌদোকশিংসিবু
কবম্বগী মীচংদনো লেপকদবা
কনাগী মায়োক্তনো পাম্বোম তিংগদবা
অনিসিবু ইমাগী নচা নত্তে হায়গেবা

পাংগনবনি অনিমক
অখৌবা ঙাক্তনি  নাপাবিশিংসে
খম্বহৌদবা মীৎকুপতা
ঈগী ঈবম ফাৎলক্লে
উৎকী মপেগুম তুম্লক্লে
নচা অনিগী লানফমনা ।

চিংদা কাবে লামৈগী মৈখুনা
অতিয়া পুম্বা মমখবে
তমদা কুমলে ঈখেংতনা ইমাই চোল্লে
অনিসিবু কনাগী মবালনো
অচুম্বনা কনানো ইমা
য়েংনিংলিববা যেংহৈদ্রবা খৌদোকশিংসে ।

# নিংঙমদ্রবা শুর

চৎলে ঐদি ইমাগী তম্পাক্তগী
ঐগী খঞ্জবা রাখল কংখ্রমাল্লে
অনৌবা যেন্নিংসু লাকতবে
লৈকংলাগী লৈঙোইখকসিদা
রাবমাল্লে ঐগী হকচাংসে
শাববা লৈঙোইখকসিদা ।

ঐগী কনা লৈত্রবা মফমসিদা
কনাবু যেংদুনা হিংখিনি ঐ
চৎলগে নুংশিববা হকচাংবু থমলমদুনা
তাইবং কৈথেল কাবকপদা
চোকথবমাল্লে ঐগী হকচাংসে ।

ইঙাগী নোংজু লাক্লসু মুৎলবোই
ঐগী থম্মোইদা চাক্লিবা মৈবীদি
হেন্নদুম মৈচাক হেনগৎলক্কনি ।
হৌখ্রবা রাবিবু নিংশিংদুনা
পীবাংনা মনিং তম্না চেন্থবক্কনি
খাদ্বীনবা কনা য়াওদ্রবা
ঙসিগী মহৌশা ইমাগী লৈকোনসিদা ।

# হে ইমা মনিপুর

চিংলোন মাপনগী মথানুংদা
ইংনা চিক্না ঙাল্লিবী
হে ইমা মনিপুব
কবিগী কপলি নদোমতা
অচিকপা অহিংবু যেংদুনা ।

চিংমাইসিগী নাপোমদা পনঙাক্লিবা
অখৌবা নপাবি নমোম কয়াগী
তাংগোইবু যেংনিংদা তেংথাববা
তমগী অখৌবা নপাবি কযাগী
ঈখেংবু যেংনিংদা তেংথাবরা
হাইযুনে ইমা পুকতম্নী ।

লোক্তাক লৈমনা তেংথাহৌই
পলেম নংবু শৈথাদুনা
মাংখ্রগদবনে ঙসি ঐগী শক্তমসে
ইমা নংগী নতম্বাক্তগী
ইশক ইতৌ হোংলক্রে
ঐবু যেংশিনবীনবা কনা লৈতবে
ইমা নংগী পাংগনবা
নপাবি নমোম কয়াসু
মীৎকপ থোকত্রে
ময়ুম খাম্বী মৈহৌবফাও ।

# শালক্তগী তোঙানবা

তাবীনবা কনা লৈতে
থম্মোয মহাক্কী ৱাকৎতি
পীবাং মহাক নত্তনা,
কনানবু উবীগনি
পীবাং নংগী ঈচেলবু
মীনুংসিগী ঈচেল কংখ্রবা
ঙসিগী তাইবংপাল অসিদা,
লাপনা তাম্নখবে মীওইলক্তগী
মীওইবা অমগী ৱাখলশু
শাহিং চাবা শাগুম্বনি
শা লক্তগী তোঙানবা
খল্লুবা ৱাখলসু
খনফম খংদ্রবা ৱাখলনা ।
কনাগী মাইখোংদা তাবীবা
অৱাবা মাইখোং উবগা
ঐগী থম্মোযনা কাইবিবা
শা মবক্তা তিল্লুবগীনি
শাগী ৱাখল চেল্লুবগীনি
উবীদ্রবা থম্মোইগী অৱাবসে
উহল্লবোই কনাগী মফমদা ।

# মীমান্নদ্রবা অমা

নুংশিদবা যেংউ
মযোল কংলবা পামেলসে
হিংলি হাযবগী কান্নদ্রবা
লেপ্পা লেপ্প শিবেদো
শাববা মকভুমীগী লৈঙোইনা
মহাক্কী পুন্সিবু কবেম্নবীবস্রে
বসন্তগী যেন্নিংদি লাক্লবোই
য়েন্নিংথানা নাখৈবীববা মহাকপু
কুমগী নোংলিকনা খল্লমগদ্রা
অচাকপা মৈবী মবক্তা
হেন্না মৈচাক ফনবা
থাওনা মতেং পাংবগুম
নোংলিক মহাক্কা তেংবাংবীবস্রে
চন্নবা মহাক্কী পুন্সিদা
কনানদি তেংবাংবীকনি মাগীদমক
ঐগীনি হায়বনা থুমহৎখ্রবা
ঙসিগী হায়বনা থুমহৎখ্রবা
ঙসিগী তাইবংপাল অসিদা
মীনুংসি হায়বনা কবিনো
পাপ চেল্লবা তাইবংসিনা ।

# মামবা ৱাখল

হে লাইববা নহাক্না লৈবম্বনা
চৎমীন্নবেদো ইবান্নি মকপ শাদুনা
থেংনসিকো ইবানি অমত্তা ওইদুনা
হাংলবা চাকখাওগী লানফমসিদা
থৱাইনা ৱাজবি পুন্সিগীদমক
যাংগংলবা হকচাং মহাক্কীদমক ।।
কনাদবু ৱাকৎলুনি ঐনা
ইখোং অনি পাল্লিঙৈদা
কনাদবু হংলুনি ঐনা
ইমিৎ অনি লৈবিঙৈদা
কবিগীদমক হায়জকনি ঐগীদমক
ইখুৎ অনি লৈবিঙৈদা
অৱাৎপা লৈতে হকচাংসিদা
যাইফবা মহাক্না কন্যানো
ঐঙোন্দগী হেল্লিবা কবিবু
মহাক্তি ঈশ্বরনা পীববা
ঈশ্বরসু মীচং মীখায় নাইববা
পুম্নমক অমত্তনী চাকখাওগী লানফমদা
ঐখোয়গী মকপনি লাইববা নহাক্তি
অৱাৎপা লৈতবা কনা লৈবগে তাইবংসিদা ।।

# থবায় ১৮ ঈখেং

ইঙাগী নোংজুনা লাক্লবসু
নোংলিক অমতদি তাবক্কখিদে
কংলৈ ইমাগী তম্পাক্তা
হেন্নদুম মৈশা লাংহনখি
শাববা নুংশা মহাক্তা ॥

অয়াকপা মৈশা মবক্তুদা
চেহ্যোবকখি মাইকৈ  কযাদগী
কংলৈ ইমাগী অখৌবা
মপাবি মমোম কয়া-কযানা
নিংঙমদ্রবা খোল্লাও কযাগা লোইননা
শাহিং চাবা কয়া কযানা
কংলৈ ইমাগী শাদোং ফক্লকলবদা ।

অদুবু শাহিং চাবা কযা অমনদি
চুখৎলি অকন্বা লানফমগী মৈবি
কংলৈ ইমাগী মপাবি মমোম কয়াগীদমক
অদুবু শিন্থবকখি থবাই
১৮গী ঈখেংশু মথং মথং
ঈচেল নাইনা মনিং তম্না ॥
খংহৌদনা পাইবকপা নোংহৌনা
শাববা নুংশা মহাকসু কুপশিনখ্রে
অখৌবা কযাগী ঈখেংবু চান্নবা
সংস্কাবগী মৈখুবু মুখৎনবা ॥

# ''শুম চংলবা য়ুম্বী''

লেপ্পা লৈতনা পাইশিল্লক্লীবা
নিশাগী অমম্বা মঁপে মঁপেনা
হৈথবক্লী লেপ্পা লৈতনা
কংলৈ ইমাগী তমপাক্‌শিদা - ॥

থক্লী চাবী পামজনা
প্রাকিতিগী অমিত্রনী খননা
তাওহল্লী নুংঙাইবা ঈপাক্তা
ঈয়াইথক্লী কোংগোলগুম ॥

নুংঙাইববা নিশাগী অমিত্রদা
শুম চংলবা য়ুমবিনা
কবম্নবু য়ুম্‌ শাদুনা
কংলৈ ইমাবু লৈহনগনী
শাফু কল্লা নোংলৈনা
হুমলক্কনী কাওববা - ॥

# জন্না-নেতা ইরাবত

কংলৈ ইমাগী তমপাকশিদা
নাইতোম তোমখিল ঙালম্বা
হিজম শাগেগী অথোইবা
লাইবা লৌমীশিংগী লুচিংবা
জন্না নেতা ইবাবত - ।।

নুপিজা ওইবী কযাবু
অরাংবা থাক্তা থম্বীবম্বা
মশাগী ওইজবা থাদোক্তুনা
অর্যাবা কযা মাযোক্নখিবা
জন্না নেতা ইবাবত - ।।

দবমা বিজাতি থাইদনা
অপুনবা শক্তম শাগৎলম্বা
অথোইবানী নংদী লমদমশীগী
শেংলবা ঈপাক্কী থম্বালগুম
শেংলবা কোবৌগী মাইথোংগুম
কংলৈ ইমাগী মপাবী ইবাবত-ও - ।।

# পাউরৌ খরা

ঐখোযগী হৌবকফম তাক্লনবগীদমক কৌব্রু ইপানা লেপ্পী। (FIMACS)
এশা মপুগী যোঙ্গুলদী মচা মশুশিংতনা লিগদবনি।
ঈনাৎ লাইনিং লিচৎনা ঐখোযগী শক্তম তাকপা খক ঙমলোই।
চীন্দা লৈবাক নিংবা যাম্মী, থবক ওইনা পাংথোকপদি যামদে।
শেনগীদমক শক্লোন লৌবা, মনাগীদমক ব্লানোম্, কপশিন্না, চীম্বালথোংদা
হুফুক্কপ, ইনাৎ নুংশিবীবশিং, ফুকপ ইনাৎকী শক্তমদা HIV গা পাংখকনি।
ইবৈবাক ইবমদম নুংশীবগা মিখল (Vote) কা খুবাক মফৈ থাপ্লদবা।
ব্লবেম চাম্মা লৌববুদি থবক মচা অমা পাংবনা ফৈ।
অথোই নাপল কাবা মীদী মশা মবোমদোম মাংজখিনি।
হুন্রে শিংলে হাইবদুগী মথক্তা মপু অগাদি লৈবনি।
নপাদি মগুন মাংবা ব্লা ঙাংলোইদবনি।
পাউতাক যাম্না পীবা হৈববুদি, থবক খজিক্তং পাংবা হৈয়ু।
মশা মপু যোল্লগা চাবিবশিং, মশানা মশাবু চাবা হিংচাবনি।
পাক্লফম মবমদম নুংশিদ্রবা, থাওইদ্রবা মী অদুদি শাগা পাংখল্পী।
ইনাট লাইনিং মাংখ্রবদি, ফুকপ অদু মাংখিবগা পাংখল্পী।
হৌবকফম (থোং) মশক খংদ্রবা, কাওথোক্লবা মীদুদি পুন্সি মহৈ যাল্লোই।
ঐ মশক খঙলবদি নঙ অমসুং মহাকপুসু মশক খঙগনি।
লৈবাক অসিদা মীওই যাম্না লৈ, মদুবু নুপা হাযবা নুপী হাইবদু খুৎ থেকপা যাই।
লৈবাকশিদা যুম্বীবেল যুম্বীদি যাম্না লৈবে, যুমশাবোলদি খংদ্রে, যুম্ফমসু পুথবে।
(FIMACS)
থবক্লা থৌবম্না নশক্ ইশক্ খঙনসি। (চিংঙু খোংনাংথাবা)
শঙ্গোম ননি পেতুচুং, ঙানু শবি ইবেম্মা। (চিংঙু খোংনাংথাবা)
নবমলাই অবীববু মীবাইববদি নবৈবাকপু মীবৈবাক ওইখ্রগনিয়ে। (চিংঙু খোংনাংথাবা)
মপানথোংগী মৈদী মুৎঙমলে, থমোযনুংগী মৈদি মুৎঙমখিবোই। (চিংঙু)
পেম্মা য়েলহৌ ফবী তুংগী পোলোই য়েংনশি।(চিংঙু খোংনাংথাবা)
নোংপোক য়াহৌথেং, পোম্বী হিকমাবী।(চিংঙু খোংনাংথাবা)
নুং তাউবে, লশিং লুপলে। (চিংঙু খোংনাংথাবা)
হা খোমদোন মৈরৌবী চেৎনা যাল্লুকো। (চিংঙু খোংনাংথাবা)
নহাক্লা মীবু থীরুনু, মীনা নহাকপু থিহল্লু। পুতুন মৈতৈ
অমম্ববু ইকাইয়ু, অমম্ববু কিনা থৌবাংও। চিংপী
লৈবাকশে লৈশাবী মচা (লৈশাবীগী মচা) ঙাক্তা ওইবনি। (নোদিয়া মঙাং)
মীগী মীতৌ তমখাক হঙোই মবিল শুৎ-শাৎ। (চিংঙু খোংনাংথাবা)
অখংবদি কৈদৌঙৈদা মরৈ য়েৎনদে। (পুতুন মৈতৈ)
ইচা ইশুগী মমিং থোম্বদি ঙম্মী, ইপা ইপুগী মীং থোম্বদি ঙমদে। (পুতুন মৈতৈ)
হাইনকবা তাক্লকবা নাইদবা খঙববু পাখংবা লাৎনং লিচৎ কৌই। (পুতুন মৈতৈ)
পাক্লবা ইপাক ইয়ায়থক্তা থক্লবা ঈশিং ফংদে।

---

